অফোংবা—অইবা ©



কপি [illegible]

অহান্বা-ফোংবা—আগস্ট, ১৯৭৮

ফংফম—ইম্ফালগী লাইবিক য়োনবা দুকানশিংদ

ড্রামা শান্নবিগে হায়রবদি অইবগা হান্না উন্নবিয়ু—অইবা

নম্ফমঃ— থোংনাংথাবা প্রেস, খুবাই লম্মোং কৈথেল।

# শক্তম

| | | |
|---|---|---|
| নিংথৌ | — | মোইরাং নিংথৌ |
| অকোংজাম্বা | — | মোইরাংগী ফম্নাইবা শাক্লংহল্বা |
| ঙাক্লংহনবা | — | মোইরাংগী ফম্নাইবা |
| নাইজহনবা | — | অকোংজাম্বগী মনাই |
| অকাবা | — | নিংথৌগী পাউ পুবা মী |
| পিবা | — | অঙম্বগী মনাই |
| চেংবা | — | অঙম্বগী মনাই |
| ফৌওইবী | — | লোইমোম লাইরেম্বী |
| মমা | — | থোইদিংজম চন্নু, অকোংজাম্বগী অপোকপী |

ওকচিল্লাকপা, তোলোংখোম্বা, মাইবা, মাইবী, মনাই খর, মীওই খর।

# মফম

লমহাং
অকোংজাম্বগী মরানয়াই
তোব্বুং লমজাও
মোইরাংগী কংলা
কংলা উক্রোং হোংফম (লমহাং)
লোইজিং চীংয়া।

# ফৌওইবী

## ( অহানবা তাঙ্কক )

([নুমিদাংনি, লমতাংদনি। মোইরাংগী মী পুন্নমক কুম কাংখিবনা লাইজ চৈশিং হংন্দবদগী হানখিংবা মতাংনি, মালং ঈচিক থেম্বা থোন্নরকই। )

১বা মী — হন্দক কুম কাংলবদি, কনা হিংনি তাইবংপান।
২বা মী — কেগে মোইরাং ওন্নমক করি-করম থোক্লগবা।
৩বা মী — লাইজ ঈন্নিক অমতং পিনি তরাই কনাদ।
লাইজ খুজোক অমতং নিনি কনাই থোংজিন্দ।
পুন্ন — রাইদঃ তাইবংপান রাইদঃ কপই মীওইপোক কপই॥
১বা মী — কুমসি কুমসি কনানা কুমদমখিবগে থংত্রা ?
২বা মী — মোইরাং থাংজীং,: নত্তেদঃ কৌমু কপচেৎপী নক্রা ?
৩বা মী — ম্নোয়ারাকপা নত্ত্রনে ? — কনানবু কুমদম্বা।
পুন্না — হে অমংবা কুমগী নোং। কুমদম[illegible] হডোই শৈশক্ত
থেক্ল খোম্ন হমগোম্ন খোঙুল খোম্থাং খোংলোই ইন,
ঈথক ঈপোম ঈরোইনন, ইহাকথক ঈচাওগে ঈন,
মকৈ-মরোং মরিক চুম, চুমহন্নবা চুরক্লো
কুমদম মতম ওইরক্লে লাইজ চোম্ন চুরক্লো॥

নোং ও চুখরো
লাংজিং মতোল থুমহৎলো
পাংশোই সুরাবী তাওখরো
উনম পাখং খুজয়ো ।।
মোইরাং সুরাবী তাওখরো
কেগে পাখং খুজরো ॥

১বা মী — খণ্ডলেন ইরানয়াইদদি পুশিল্লনি সুংশিবী ।
২বা মী — শানৌ মানা লাক্লগা কদায়দগী পিজনি ।
৩বা মী — ফৌদি ফংদ ফোহামচা, লৈরোই লৈরাং লৈনৌবী ।
( যাম ইশুক শুকথনা লৈবৈ )
১বা মী — কৈগুম্বা কুমশি কুমশি কুমগাংলবা কুনিদ
কনানবু কদাইদৈ, কনাদবু কপ্লুদুনা
২বা মী — কুমগাংলবা কুমসিসি লোইমোম ফৌওই লাইরবৌ
কোঙ্গ্রং মাবু হাপ্তুনা খোইজু লৈথাম থাদুনা
ঈপন থাদৈ লবুক্তগী ওল্লুপনি কনানা ?
৩বা মী — কৌনৌ মরু লুক্তওৈ খম্ব্রাংচাকম্থ উয়রোই
ফৌনৌ মৈথা ফক্লেনথক নভা নাউশেক লাক্লরোই
কৌগ্রাংখোলদি নাপীস্থ নপাল তাংন য়েৎলরোই ।
( মখোয় মশেল অমগা অমগা ওনশিনদুনা )
১বা মী — নিংশিংলক্লে ইয়াম্ব ।
২বা মী — চীঙু পাউজেল অরুবা
৩বা মী — লৈপাক মীয়াম য়াইক পাউ ।

( মনুংদগী খোল্লাং য়াওনা )

চীংঙ্ ঐগী ইপাউংখোম মোইরাং থৌদা ওইজৌও
লোইখোম কৌবু ফংহুনা, তন্না চাকচা কংনবা
শজিবু নাকথেল মতমদা শারম চামা কাহুনা
ভারম চামা কত্তুনা চীংঙ্ শারেল কথচোও,
কংলা উক্রোং হোয়জোও-চীংউ ইপাউ কাউবদে।

১মা মী — লাংথুমি 'নিংথৌব
২মা মী — শারম চামা কানবা
৩মা মী — ভারম চামা কৎনবা
পূন্না — কংলা উক্রোং হোংনবা চাহোং ভাহোংননবা।

লাইট ওক

# অনিশুবা ভাক্ক

## ( অকোংজাম্বগী মরানয়াই )

( শিল হায়দোরকপদা অকোংজামগী মমা থোইদিংজম চমুনা ফি শানবা মহুম থাক্তুনা লৈরম্মী অথাকপা মহুমগী তিল চিংই—। মাঙ্গোলদ শজি-শঙাই মকোক থেংলি । )

মমা — থাবুম তরা নাওপুরী পলেম মমা ওইবীদি পারি ওইবা মখোয়না খোইরুম মোমোন্নবা উ মোমোন মীনোক তমইদো। মাইথোং খেবু লাংব উ থোইনা হেন্না মক শিনবা পলেম ওইবৈ মচংনি ।

অকোংজাম্বা — ( চংলকপা, নাইজহনবা লোইনরকই, মুঙাইতনা চংলকই, ইমুং তম্না প্রপপ চংখি । )

মমা — নাইজহনবা ।

নাইজহনবা — পলেম ! করি ভাকপীগদবা ?

মমা — করিগীনো নবুঙোনা —

অঙম্বা কংলা লোইশংদৈ হলরাইরকপা রাংলেন্দ চীম্বান থক-খা কংড্রুনা মাইথোং খেবু লাংশিনবা- চীঙ্গোই নপাউ ;শেংঙম্মু—হায়য়ু করি মশ্তোনো ?

মমা — নমু তাইবংহ্নাইফবা খোয়ুম মাগী করম্বা
চীংঙু মপাও খোন্নোনে - ? তম্মু পারি তাসিনে ।

অকোং — কংলা উক্রোং হোংলগা কেংগে মোইরাং লৈবাক্কী
চাহোং ঙাহোংনবা, নুঙাই-য়াইবি মরাং হৌ
পুন্সি নুংশাং পান্নবা, লৈবাক লৈচাও খুঙ্গাও'বা
ঙাবম চাম কত্তুনা শাবম চাম শবেল তু
কংলা উক্রোং হোংনবা লাইগী লাইবাও তম্লকই ।

মমা — শারম চামা ফাত্নুনা চীংঙু শারেল তুবদা
লোইদাম থাবুম অমদি পারি কৈদ কদাইদা ?

অকোং — নিংথৌ পন্নি কাইফদে, অতুগীমু মথক্ত
খোয়ুম চীঙু মপাউনি, কেংগে-মোইরাং থৌদানি;
খোয়ুম মতিক চাওবগী মতিক মঙম শিংনবা
ঈ-তোংশা পাল্লিবা তাইবং মচৎ মত্তেদে।

মমা — করিগীদি শিংননি ?

অকোং — কংলা উক্রোং হোংনবা শারম চাম থিবদা
শামাই লৈরোই হায়দুনা শামু প্যাম্বোম তিংদুনা
থ্বাই তরা মমাংদ শরি পন্দোল লোম্লশী ।

মমা — শরি য়াশক্লম্লবা ?

অকোং — খোয়ুম মাগী নোংদমখোম্নি ।

অকাবা — ( চংল্লকপা' অকোংদা খুরুম্বা ) অঙম্বা ।

অকোং — কনানো ? — লোইশং মচা নত্রা ?

অকাবা — অঙম্বু

অকোং — তয়ুম হায়য়ু করিনো ?
অকাবা — লৈকোই মপু ইনিংথৌ—ইনিংথৌগী ময়াথং
অকোং — লৈবাক নিংথৌগী, করি মপাউ, হা তম্মুদনা ।
অকাবা — লৈকোই মপু 'নিংথৌনা
অমাইবা অমাইবীগী, খোয়ুম মপাউ মতুংইন
ঙসি কৌবা ইমুংশোয়, অঙম্বা খোঙশানহৌবনা
খেল্লাই লাইবক পাকনি - পাউদমুচো লাকচরি ।
অকোং — কই হায়বা তয়ুম—ঙসি কৌবা ইমুংশোয়দ
অদুদরা হায়য়ু ? মথা তাবা পাউদি তয়ুম ।
আকবা — অঙম্বা ! মপু কোন্দ হায়া রাইথুংলমগা
,ঙম্বা ননাই-নশলগা খোঙলেংনবা য়াথংনি ।
অকোং — চৎলো তয়ুম—
ঐস্ তন্না রাইথুংলনি—
অকাবা — হোয়' ফগনি অঙম্বা ! -( খুরুম্নমগা থোকখিবা )
অকোং — নাইজহম্বা, তারিব্রাও
খোঙলৈ থুদবা য়াদ্রে
অঙম্বা লোয়শং কানবা ফিজেৎ নমথাং পুরকউ !
মমা — ইপারি অকোংজাম্বা
পারি নঙবু ইরানয়াইদা ,মুক খোংদোইরকখিব্রা ?
অকোং — খোয়ুম মানা তম্বনি
লৈকোই মপুগী মনিংনি, ঐনা শিনবা ঙমদেদো

নাইজ — ( ফিজোল, শেৎনবা-হোংদোক্লবা, পুন্থনা খোরকই,
কোয়েৎ, থাং-তা খৌরাং শুন পুখোরকই)

অকোং — ( শা তানবা চৎলমদাইগী ফিজোল হোংই।

মমা — পারি ওইবা নহাক্না লমদম তাম্না লৈরম্নু
মোংবা ইরানমুংদবু লৈরিবনি মনিংউ,
খোমলেন মঙলান তান্নবা তুম্নমদাইগী মতমদা।
পলেম মাই পিবুক মুংদ লৈরিবনি মখল্লু,
মঙাল মানা শামগ্রগা ইমি ঐগী উদবা
নমি তুংইন্দে হায়বা পাইম মুংদ খল্লুমু॥

অকোং — করিমত্তা খঞ্জরোই
পলেম নঙগী নম্নাথং করি মুংদা কাউজরোই
খোঙলৌ পলহৌদনব' চীংঙু শাগোনবীরেমউ।
( খুরুম্বা )

মমা — চীঙু মানা কুবিসনু
তোর্ব্বুং হেক ম্নোবগা, তোর্ব্বুং লাইরেম খুরুম্মু
পলেম ওইবা ঐহাক্না পারি খুৎশিন্নরকই
তম্মু চীংঙু তোর্ব্বুংগী লাইরেমদা-ইপাউ 'াস।

অকোং — করি নোংদ কাউজরোই—।
নাইজহম্বা, খৌরাংলোইরব্রা ?

নাইজ — লোইজরে, অঙম্বা !

অকোং — অদুদি থিল্লে চৎসি, খোঙলৈ থুদবা ম্নাদে।

—অনিমক থোকখি—

# অহুমশুবা—তাঙ্কক

● তোর্ব্বুং লমজাও                ● নুমিদাংবাইরম

[ ফৌওইবী য়াম্না নিংবা কায়না,
তাইবং অসিদা কনাদা চংজগদগে হায়বগী
মতাংগুম য়াম্না নিঙমদনা চংলি । ]

ফৌওইবী—[মতোমতা]

নৈন্নুং থোঙারেল অহনবা মুংশি মাই মকাদৈ
নৈন্নুং লাংওনখোন শরা পনকেখোনবু তাঙমদ
হুলাল্লমই ঐহাক্না পামদ শাজং ওইওইন ॥
তাংথখি ঐনা অমুক, অনৌ মপোক থিহ্না,
কুরুমলেন মৈনাইবা মৈশুং শেম মৈরা তাউবদা
হল্লকই তম্না তানিংদ মৈবা মৈ মৈচিং খোন—
খাম্বী মৈজাও মৈরাওখোন, তাদ তাজনিংদে ঐ ॥
পাম্মু কনাই মশাইগোন, তাংথখিনি ঐনা 'মুক
হেপু কংশিকখোন ঙাং-চেং নৈতকপদা তাংথখি ।
তাংথরুবা হুল্লালম্মী ঐ—হেপু কংশিখোল
ঙাং-চেং নৈতকখোনবু, তানিংদ, হুন্দোক্রম্মী ঐ
থোকখি ।

[ শারুংহনবা, ১ম্নুং ঙারুংহনবগী মনাইশিং পোংয়োমগা পোংয়োমগা, চেংজেলগা চেংজেলগা খুংগু-খুংলাইগা লোয়মনা থুংলে। অবাবা হোন্দোক্নু, মাইগি খুদিংদা কোয়েং য়েংই, লমশাং লাকপগী শদো থোংবা হোনদোক্নুনা। ]

চেংবা—রাংলিবরা পোংথাকম য়োরবরা পম্নুংফম।

পিবা—রাহিগুম্না মচংপা ইম্নোক ইম্নোক মচংপা
পামেল উজাও য়ুংবগুম লেপ্প কান্দা চপ হেক লেপ
অসিমঙাইদনহৈ, সিদৈ হেনবা কবিনো?

চেংবা— তোর্বুং লমজাও য়োদ্রিব্রা, রাবে রারে লেংনিংদ্রে
চরি লীবা ঙমদ্রিদৈ শারম সিবা ঙম্মোইনে।

পিবা— য়াথংতবু লাক্লবা, তোর্বুং ঙমখৈ অসিনি
ময়াথংবু লাক্লবদি তোর্বুং ঙমখৈ খৈবনি।

চেংবা— অঙম্বশিং য়োরক্লে, অমুক খোংদোয় হুল্লসি।

( অনিমক থোকখি )

অকোং — শজিবু লাকয়েন কুমজিন
তোর্বুং লমজাও কজবা উরুবদা মুংওগ্নি।

ঙারুংহব্বা—কজৈ, পাখৌ নিংখিজৈ,
মিংস্না মিংয়েং মিতাবা ইশং ইশং পুমশং শং
তগং তদেক তনৌবা খমগোন মালংনবদা
কায়দ লোইরোই হানৌনা উনবী পুক্নিং মুংওগ্নী।

অকোং— মচি মচি খুদিংদ, ভেরা, লৈহাউ উথম্বাল
কোম্লুপ কোম্লুপ চিল্লোক্ল মঙা তরা উয়োক শা।
চিপক চিপক চিক্ল-চিক চাওদম শাংদম শন্দোকখ্রি।

ঙারুং — তমু তমু কোম্বিরৈ, তনৌ তনৌ কোংয়াংলৈ
লৈরিক্লুদি ইঙৌ ঙৌ, পুমঙৌ পুমঙৌ ইঙৌ ঙৌ
ওকচরি তয়াম নামিবা, 'থঙলেন মুংশি মপাউ ঙাই।

অকোং— পামেল উথল মপুং ফা, লৈবাং লৈখল পুমগু গু
চাম চাম খুজিং ওই, মিংকি কুম্মৈ ওইহল্লি
থম্মোই ইথক হৌহল্লি চীংয়া-তময়া উবদা।।

চেংবা — ( খুরুমহুনা ) অঙম্বা, নদাই খোয়বু
ঙারুং — ইয়া, নখোয় হাল্লম্মে।
চেংবা — অহোয়, ঙৈহাক কুইজবে।
ঙারুং — অঙম্বা !
অকোং — তাকপিয়ু—
ঙারুং — কোরৌ নারল বাইরক্লে
ঙসি কৌবা ইমুংশোয় ঈচিক থেম্ন লেল্লসি।

অকোং— তম্মুম। হয়েং ইমুংশোয়, লম্লেন মতাচাবা য়েং
শাশঙ অমা শাহুনা তরা মচা ঙম্নমক
শারম ঙারম ফানবা থৌরাং তৌদ ম্নাদেহে।
'ঙম্বা কনা কনা লৈ ?

ময়াম —অঙম্বা !
নদাই ঐখোয় লৈজরি।

অকোং—লম্নেন লমদম নিংথিবা মতা চাবা য়েংহুনা
শাশঙ অমা শানবা, থিল্লে থোরাং লোইরোনে !
[ অমগা অমগা হারী শানৈ, মক্তম য়েংনৈ
নাকল অনিমক্কী অঙম্বশিং, মনাইশিংনা
শাশঙ ঙাশঙ শানবা থোরাং তৌরহুনা
মথং-মথং চৎনখি। ]

অকোং—পাথৌ ঙারুংহনবা
ঙারুং —তাক্পিসি পাথৌ !

অকোং—হয়েং লাংমৈ থানবা লাংমৈ নৈরম থিরুসি
শা-রম অমা থারগা, মাইকৈ খুদিং থিংলগে
শৌগী পলবু থাহুনা নাম্থোকহল্লোই অমত্তা
তোব্বুং মাইগ শুন-চৎ শারম হাপ্পা থিথিসি।
[ লৈরম্লিবা মনাইশিং অহু ষ্টেজহুগী মচি মচিদা
তুম্ন-হিপ্নবা থোরাং তৌবা পুম্নমক লোইশিল্লকই।
হেন্না মমশিল্লকই। লৈরিবা মনাই মশল পুম্নমক
মনাক-মনাক্তা খুংগু-খুংলাইনচিংবা থমহুনা তুমই।
কৌবী শিংনাং মরক্তা অকনবা নোংলৈ মুংশিং অমা লাকই
শুরু-শুরু নৈবগী খোম্থাং ওইনা তাই—নোঙাল্লমদাইনি।]

[ খোম্বাং ঐয়েবগী মখোলদা—শদৌ খোংনা, বানা
করিগুম্বা মফমদা চপ লেপ্পগী মওং উই, উইগ্নি, মাংখি,
খোরকই ]

ফৌওইবী—য়িচীক শিরা কোংনিংথোবা তুবেল রাইখু বিচা
মালং ফাৎ শেংকা তাক্লা রাইকোক লম্মহন 'তোংবদা
মুঙাই-য়াইফ প্‌ন্সি ফংগে খন্না তাম্বরুবা
য়িমু থককেন মবাং হো লাইজ ঈখোন তাঙমদ
হল্লকই, হল্লকই ঐ—অনৌবা প্‌ন্সি থিবা।

[ অসিগুম্বা মফম-মবাং খংদবা শুরু-শুরু নৈবা
খোম্বাংগী মখোল তাবদা তুম্মীবা কাংবুনা ইপা-
পাখংনা মখোয় মশেল হৌদোক্লে। রা তাম্লে। ]

১বা মী—কৈনো পাথৌ তাবত্রা ? লাইরেম কনাই মপাউনো
চেংবা — তুমিন লৈয়ুদা পাথৌ, থাবল ফবা অহিংদ
মহৌশাগী নশানৌ নিংশিংলকপা ওইরিনি।
১বা মী— [ পাখংনা হৌদোক্তুনা ] নত্তে, 'মুক য়েংউনে।
পিবা — নিংশিংলুমু উরুমু-করিমত্তা য়েংউমু।
১+২বা মী—[ কিনা ] অস্তুম নকশিল্লকইনে।
চেংবা — ফাও লৈশাবী ওইববদি।
পিবা — করি তৌদোবিবনো ?
চেংবা — নথৌ লৈতে, তানিংদে। অঙম্বত্রুম হৌদোকসি।
পিবা — ননম চৈ চানিংত্রা থাবল মঙাল অসিদা
কৌবী-শিংনাং লেংবগী মমি 'তুত্তুম ওইরিনি।

১বা মী—মুম্না 'মুক্তা য়েংউদা ।—

চেংবা —ক্ষিরবদি ঐখোয়না, অঙম্বদো হৌদোকসি
কিদ্রগনা নখোয়না ফারো য়েংসি কৈনোবা ।
[অরাম্বদা মশেম-মরাং ওইনা উবগী মওং তৌই । করিগুম্বদা মফম অমদা লৈরম্মী, করিগুম্বদসু অতোপ্পা মফম অমদা লাংমৈ থানবিগুম হেক উই । অয়াম্বা ইভক ভক্তা য়েংই । খর-খর নকশিল্লকপগী মওং ওইনা তৌই ]

পিবা— তাইবং মীরা অসিবু, নত্রা' লাইরেম্বীরনে !

চেংবা—খঙদে অমত্তা, হঙ্গৎলুসি 'ঙম্বদা

১+২বা—হৌদোক্লুসি অঙম্বা ঐখোয় পুন্না চত্তুনা

চেংবা—হেন্না হেন্না নক্লকই, নক্ল-নক্ল য়োবকই
য়োনা য়োনা তামখিদো, তাম্ন-তাম্ন মাংখিদো
মাংন-মাংন থোরকই, থোক্ল-থোক্ল উখিদে ॥
[ময়াম হৌনহুনা তুং হন্ন-হন্ন, কোইয়েং য়েংহুনা চংনখি ।]

[পুমমম মমই, ফৌওইবীগী মমাইতমক উই । ]

ফৌওইবী—চানা ইরাংখোন তোংলম ফ্লিশংখোনবু নাচুংঙমদবী
শানৌ ওইবা পুল্পিনা পাইমা পিবুক ম্লানিংদ ।
উকু য়াংলমপু, লমলেন কায়িং কায়াং তাউতোংব
হুল্লাল্লমই অহু নোং, পাইম পিবুক কান্নব তান ।
[ তাঞ্জাসিদা অকোং থোরক্তুনা মুম্না ভাইহাক য়েংই । ]

অকোং —(মতোমত্তা) কায়নবগী মপাউরা, মুংশিবগী বাহোরা ?
চেংলৌ খৈন হেল্লবী শানৌ মাবু কনানো ?

লাইট ওফ

# অঙ্গিঙ্গেরা তাক্কক

## (অকোংজাম্বগী মরানয়াই)

[ অকোংজাম্বগী নমানা মচাগী ঈ-পাউ করিমত্তা খঙদনা লৈবহৃদা লাংতক্কুরি। মিৎয়েংদি পোথাবা লৈতে, তোর্বুং মাইকৈ পাংলি। ]

মমা — নাইজহনবা থাখিববু কই পাউবু পুবকবা
কোরৌ মশিং য়াম্লক্লে, পারি মাবু উদবা—
পা'বি 'অকোংজাম্বে মপাল তাংন হিংজবনি
খযুম কবি তম্মীবা খঙ্‌দেদকো নোংদম্বা

নাইজ (চ লবই, থুরুম্মী) হল্লবক্লে নদাই ঐ

মমা —(হবাওনা) নিংথৌ পনবু লোইহনা পাবি থুংলববা?
বদায় তম্মু পলেমদা পাবি মাগী মপাউদো
খংনিংবনা থৌগংনা তানিংবনা তবাম্না
কোবৌ শিংতেক য়াম্লক্লে পাবি মাবু ভাইবিবা।

নাইজ নিংথৌ পন্দি লোইদ্রিউ 'ঙম্বা মথৌ খংবনা
শাবম চামশুদ্রিউ হল্লকখিরোই হায়বকই।

মমা —করি কাম্নি নাইজহন নঙম সিদা হল্লকপৈ
পাবি চেংলৌ মশক্তি উবা ফংদ ঐহাক্না।

নাইজ—'ঙম্বা পোকপী পলেম্না
অবা শদৌ থোংলম্নি খল্লুবদা ননাইনা
চেংলৌ মশক উদ্রম্ব অঙম্বা মাই মপাউদি

নাইজ—পলেম ওইবী নকাদা পাউদল্লুগে লাকচরি।

মমা — হায়য়ু তম্মু তাসিনে

করি মপাউ অনৌবা পাবি অকোংজাম্বগী।

নাইজ—মিৎকি কুম্মৈ মখৈদি তম্বৈ লোইবা নাইরবোই

পাউথাং চিম্থাং লাল্লকপা 'হুত্নম হান্না তমজগে।

মমা —হায়য়ু হায়য়ু তাসিনে

নাইজ—শাশিং চাম শুগদবা শারম তরা শুরক্তে

লোয়দাম থাবুম অমগী, মন্নুংদদি শোয়দনা

থয়ুম মানা কুবিব ইথৌদাংসে পাংলনি

পলেম ওইবী নপান্দৈ তেক্ত কায়দ লেপ্পমক

অঙম্বনা শাবিবা শরি পন্দোল লোম্ননি

মমা —পারি মানা চংখিবা কৌবৌ শিংবুম মুমিত্তৈ

হবাও খেবু লাংঙমদ চীম্বান থক-খা কংলক্লি।

তম্মু তাসি নাইজহন—নঙদি করি উরকপা

নাইজ—থাবুম অমৈ মন্নুংদা শারম চাম মুনবা

ফমদৌ লাংবা 'ঙম্বশিং চায়খায়হুনা অমুক্তং

ব্রাইর তেনবু কাপ্তুনা ফারকপনা কোঙ্গাইমা

তিমেন তানা তাদম্না ফাবকপনা কয়ানি।

[পাউ তম্না তম্না শা ফাবা শা তানবগী মওং উংলি।]

নাইজ—অকোংজাম্বা অঙম্বা মপা লৈতে তমহুনা

ব্রাইর তেনবু কাপ্পদ তিমেন তাদম্বদদি

হৈব-শিংবা মাগুম্বা মপা লৈতে, নিংথিজৈ।

মমা — লোইরব্রা নাইজহ্বা।

নাইজ—নারক্ত শ্রোং তৌরকপা ৱাইর তেনকাপ্পখিবা
য়ারৌ শজি শঙাই ফাদনিঙাই লৈত্তে অমা
থুং চুমইদ অঙম্বা মতিক চাইদ ফম্বাইবা
হাইগৎলাংদা কয়ামা উহল লাংদ কয়ামা
লেপ্তে নোংম-নোংমগী হেল্লকই মশিং 'মমম।

মমা—মথা তাবা ৱারীদি--

নাইজ--'ঙম্বা মোংবা মরানয়াই হল্লক্লিবা ৱাংলেন ফাও
ননাই ঐনা উরকপা তোব্বুং শাদান ৱারীসে
নোংম নোংমৈ তমহুনা লিগে নিংম খাকচরি।

মমা ---পোৎথারুরো ঙসি নোং
ঙসি কৌবা ইন্নুংশোয় ৱাব মতোন লোম্বনি।
তরা হাওনা চিন্দম হুক শবা তাম্ন নুঙাইনা
অৱা ঈচিক হন্দোক্ল ঙৈহাক পোৎথাজরুরো।

(থোকখিবা, অকাবা চংলকই)

মমা ---তম্বা নঙমুক য়োরক্লে, করি হায়নপ্রে নঙবু?

অফাবা---অঙৈম্ব পাউ হন্দোকচগে।

মমা --- করি মপাউ তম্লক্লে।

অকাবা---কোয়দানবা মাইথোংনি, থাজ মাগুম নিংথিজৈ
কোয়দানবা মাইথোংদ, থম্বাল লৈরিক মতৌগুম
শায়নোন তাবা শম্লাংন থম্বাল লৈরিক কদৌনি
পলেম মমা ওইবীগী উনবী পাইম পীবুক্লুং
করি খল্লি থম্মোইনা অমুক্তদি হায়বিয়ু।

মমা —চেংলৌ শক্ত বাত্তবা শাগৈ য়েংহ্নই তাদবা।
ঐমক্কা হেক পামজবা হায়রা: অহু থোকইদ
অকাবা—তাংদাংবা অকক্লয়া করি থাদ লেপক্লদবা
মহুমতং তাকপিয়ু ননাই ওইবা ঐঙোন্দা।
মমা — পারি অকোংজাম্বনা শারম চাম্ব শুহুনা
হল্লকবা বাংলেন্দ ইপাউ অসি খংহুনগে।
অকাবা—ননাই ঐমুক হঞ্জরে।

—থোকখিবা—

## লাইট ওফ

# মঙাশুবা ভাঙ্কক

## ● তোকচ্চোং লমজাও থুমনপুং

[ ষ্টেজ অতুগী ওইথংবা নাকলগী মনিংদা শাশঙগী হেন্দোরকপা মচি থর উই। শাশঙগী মমাংদা য়াম্না তাম্না তোকচ্চোং লমজাওনা ইশং শংনা শন্দোকখ্রি, মাংখ্রি। থাংজিং চীংগী চীংয়াগী লোইরোইনবা মতেক থরম্থ উহল্লি। ষ্টেজ মমুংদা শা তানবগী পুমনিল নিনবা খোঞ্জেল ]

চেংবা—হো হাওরৈ খা পাংবদা লৈরিবা অঙম্বশিং
শা থংলো পাম্বা শা থংলো শা থংলো শা ফাসে

পিবা —হো থাংজিং চীঙ্গোন্দা হায়জিনখ্রে শায়ামপুম্ব
লাইশানে, পাম্বা হাংপা য়াদেএ—তৌহৌদেয়ে।

[ষ্টেজ অহু ঙাইহাক পুমনিন নিল্লবা মতুংদা অকোং মুংসাম্বব মপী ফুইনা হোন্দুনা মনাই ২/৩ গা চেম্থোরকই।]

অকোং---কদাই, কদোম চেনখ্রবা ?
ত্তয়ুমশা চেনশিল্লু শাফা ব্রাঙম ভান্দ য়াদে।

চেংবা---(খুরুমহুনা) অঙম্বা লাইশানি হায়, হাংহৈদে ফাহৈদে হায়

অকোং---[ খুনিং কাংথত্তুনা শানা চংখিবা মাইকৈ য়েংই। ]
কুরি হায়বা, লাইশানি---

অকোং—তয়ুমশা কোবৌ য়েন্দা অঙম্বদৈ শাদানব
হুমাং ঈরিক শিন্দুনা অন্না হুইজোংতা মরাংই
চীংঙু মানা কুবিদ্রে শা অমত্তা উদরে।
পিবা— খয়ুম মাগী নোংদমখোল কুবিনিংল কুবিবা
কুবিনিংগ্র মতোকপা কনা তম্বা ঙমগনি।
অকোং—ঙৈহাক ঈচিক থেমখিসি। (তা নান্দুনা শান্নে।)
তারিবরা তয়ুমশা, হাওরৈ খারম পাংবদা
চৎখিবা অঙম্বশিংত্নগী ঈ-পাউ তাবরা?
চেংবা— মখা য়োনা হান্নখগ্রে—
কৌই লমই তাগ্রিদ্রে, চেংলৌ মশক তানগ্রে।
পিবা—য়েংউ, হাওরৈ খা পাংবদা খাম্বী মৈথু লাংলিসে
লাংমৈ মৈথানত্নন। শাদানবত্নম ওইরিনি।
অকোং—ওইরমগনি, অথৌ লিচা হেপপা পাথৌনিদা।
ঙারুং —[হুমাং কাংন থোরকই] নাম্ভোকখিদঃ লাকচদঃ
ঙসি কৌবা ইন্নুংশোয় মোংবা ইরান তম্ননি
নিংলু পুম্বা কায়রেদঃ শারম থোঙ্গল মাংখবে।
অকোং—চীংঙু থৌজান অবেপ্পা তম্বাদবে ঐখোয়দা
হয়েং কৌবা নোঙ্গাশোয় শারম চাম শুন ফা
মোংবা ইরানয়াইদবু থোংশানগনি তয়ুম শা —থোকখিবা
ঙারুং—মরিল লৈবা পাথৌনি, পুরক্কনি শোয়দনা
অমা নত্র অমদি খয়ুম মানা কুবিবা।
[ অকোং + মনাই অমা চংলকই ]

অকোং—অতুনিদনা ইদাইরেম
হয়েং কৌবা ইমুংশোয় মোংবা ইরান তম্নি
লৈকোই মপু থোদাদি নমদ পোবা থারুনি।
তম্মু তাসি ইদাইরেম খাই তরা মমাংদ।
১বা — পাম্বা কৈরেল অচোবা ঐখোয় খাই চংতুনা
মথা মাইকৈ পাংবদে অসুম 'সুম শাথোরকপা
নোংচুপ থংদ লৈরিবা উহল লাংদ কাতুনা
পাম্বা কৈরেল 'তুমগা শুরে পুমা শাশিং চাম।
অকোং—থাবুম কানা য়াইরেকপ পু-পাং কয়া কায়নবা
হয়েং কৌবা ইমুংশোয় নরানয়াইদ হনপ্রগা
মুংশি চান্ন মীনোকতম অবা-পুম্বা কোরুনি
চংলো চংলো ইদাইশা অবা পোথাজরুরো।
২বা — [ পাখংনা থোরকই ]
অঙম্বা শাশিং অমা হেল্লে শায়ামতুদগী।
৩বা — (থোরক্ুনা) শাশিং অমা বাংলে 'মুক।
অকোং—'মনা হায় অমা হেল্লি, 'মনা হায় অমা বাংলি
চংলু-শাশঙদ চংলু--অকরুবা খংলকউ—(অনিমক থোকখি)
চীংঙ্ মানা কুবিতুনা হেলম্নবদি মফৈদো
করিগুম্বা বাংলবা পম্ব্খিনি খরদং
২ + ৩বা—[ থোরকই, থুরুমই ] ---অঙম্বা।
অকোং —কমজৌরে?
২ + ৩বা—অমা বাংলে অঙম্বা।

অকোং--করি শানো বাংলিবা
২বা — শঙাই মচা ওইমানে।
অকোং—খয়ুম মানা শায়োন লৌ
খোংলৌ পল্লৌনবত্নুম খুরৌ থাংবা য়াওবরা।
নক্রগা করিনোনে, বাখল লৌশিং থোক্তেদ
ঙারুং —চীংঙু মাগী থৌশিন্নি।
অকোং— চীংঙু মানা শায়োন লৌ খোঙলৌ পলহল্লব্রা
চীংঙু ঙমদাইনরমগে নক্রগনা কনানো
অশেং মশক খংনবা খোঙ্গুল লিগে খংগনি।
মতিক মশেক মথৌনাগী ঈনোৎ ঈকারকপদা
থিংবা ঙম্বা করম্বা লৌনম্বান্না থাংবগে।
ঙারুং—পাথৌ অকোংজাম্বও, শাশঙদবু চংত্নুনা
হুমাং ঈরিক হঞ্জিনহন ঙৈহাক বাবা পোৎথাসি।
অকোং—তয়ুম কনা লৈবগে?
১বা — ননাই লৈজে অঙম্বা
অকোং—ঙসি কৌবা ইন্নুংশোয় চেৎনা শেন্নৌ শাশঙদো
খয়ুম মতিক ওইর-ওই তাইবং মীগী ওইর ওই
তাংদাং মশক খঙদোকসি, কনা' শিনবা ওইরিবা।
—অনিমক চংখিবা—

চেংবা—(অকোংজাম্বনা চৎখিবা য়েংলগা)
শারুংহনবা অকোংজাম্বা, লাই মচাগুম ফজৈদ।
পিবা— অত্নুদি হায়য়ু তাসি অকোংজাম্বৈ ফজবা।

চেংবা—পিবা লক্তৈ অথোইবা লাইনা থাবা অকোংনি
য়াই পূবা তাংজগুম মুক্ত চেনবা য়াঙ্গোইগুম।
পিবা— নমু তাইবং য়েংলগা লাইবক থম্বাল শাৎপনি
অপাম ফজ অনি পুন য়াচল খাবক লাক্লগা
কল্লকপা হায়ব 'হুনা নময়াং বাশ চৈথান
দোলাই খোংনেৎনরিবা লাইনি, মুংশিবা কৌবা।
চেংবা— শানৌ ওইবী কয়াগী বাখল থেন্নকম ওইবা
মোইরাং অকোংজাম্বদো— ঐমুক ফজৈ নৎতরা।
পিবা— ফজৈ ফজৈ ইবুংঙো তিকি ঙমজ' কুচুনি
মাইরেল ফমব্রেৎ মতাগুম চেংদানবা খ্বাংওংনি
নরেপ য়েংই চুমইদ : কোংয়াং মতোন মওংনি।
১বা — [চেনশিল্লক্তুনা] কনা কনা লৈবগে
চেংবা—হেলোই ওক্ররবরা লব্রাই লুতোন শাৎলিবা?
১বা —নমু পোং মাল্লি মান্দ লাইবেম মাল্লি মান্দ
কৌবী শিংনাং মরক্কী মমি শামি উখিবা
ওইগী লমদাং মানবীগা মাংখি শঙাই অহুনা
পূন্না উথি ঐহাক্ল মশেম মরাং ওইন উই
পিবা—'হুদি ঐখোয় চক্তুনা অঙম্বদা হঙ্গৎসি —ময়াম চংনখি—
ফৌওইবী—[থোরকই য়াম্না নিংঙমদবগা লোয়ননা ]
ষ্টেজদা ফৌওইবীগী মমাইতমক উবা]
থুম্নাউ হেলোন খোন ম্রেম্নাও নাহেখোন তানিংঙমদ
লোইমোম পাইম য়ানিংদ কায়ন বারোইনরম্মী,

ফৌওইবী— কময়পোং খিংকময়পোং য়ায়াবা পোইরৈ পাংথালম জনতোং (বা)

লাংদোন অমতৈ লাংদোন অমা তম্মা পাইবগুম

তাংথখি ঐনা 'নৌবা থম্মোই অমা থিত্নুনা

য়িচীকসি য়িকাংক্কৌ লোইয়া কাংগুম্বুং তোংবদৈ

হল্লকই থম্মোই তিম্মদ চংবী লারাক শেৎপগুম

লাইরেল চীতম খোল য়াওরৌ শাচেন খোনবু নাচুংদ ॥

তাংথখি ঐনা অমুক নোংবাল ফাম্বেক শোক্লাই কা

হল্লকই তম্মা মুক নোংবাল অলোই মরুম্বী

হাউরৈম নাপ্ খুৎশুখোল তিম্নাং হায়শিংখোন অদ ॥

কুকি অহোঙলাইকী অচৌবদা তাংথরুকৈ

তুবি য়িমচঙখোন লাইবেল য়ুকৌখোনবু তাঙমদ

হুল্লালমই লোইমোম ঐ অনৌ শাইদাং য়েংনবা ॥

[ অসুম্না মতোমতা নিংবা কায়বা য়ারাগা লোয়ননা শোইজ, চৎলি । ]

অকোং—[থোরকই ফৌওইবীনা য়াম্না তাম্না চৎখিবা উবগী মওংনি ! ]

তাঙ্গা অসিদা য়াম্না নুংশিবা ঈশৈ অমা তাম্না তাই ]

ঈশৈ – [ চেংলৌ শক্কি মখৈদি বাখৈখরে মৈতালনা

য়াইবী মাদি মাংলমদ্রে নুংশি উকা লাংতুনা—]

[ঙাম্থোরকই, অকোংজাম্বা ফ্লৈজদগী থোকখি। ফৌওইবী হেম্বা চনুগী ফিজেত্তা হাওশম অমা লুদ থোং, লাংজেং চৈশু খুত্ত পাই, হেম্বা চনুগী ফিজেত্তা তোর্ব্বুং কৈগাক শমতুনা খোঙদারকই— অকোংজাম্বা থোরকই থেংনৈ, ফৌওইবী ইকাইনা লৈথোক্তুনা চৎকে তৌই, অকোংজাম্বনা থামই ]

অকোং—শানৌ নঙবু কনানো ?

তোব্বুং লমজাও লমহাংদ কৈগাক শম্ম নথন্তু

অমম-অঙান শিম্ম কান কৌরৌ নারল থাইবদ ।

ফৌওই—ইবুং মানবা অঙম্বা

কেগে মোইরাং ফম্মাইবা অঙম্বদি মাল্লিদ ।

অকোং - উখিগ্রমস্থ তৌথরে, নিংশিংবদি ঙম্মদরে

চেংলৌ শকমারবরা ! অকাউ পরৈ থাংখবে ।

ফৌওই—অতৈ লাইখি ইবুংও

অঙম্বু কনানো মতুঙ্গম হাম্না খংজগে ।

অকোং—মোইরাংগী অকোংজাম্বা শারুংহম্বতু ঐহাক্কি ।

ফৌওই—তোব্বুং লমদম অসিগী লাইবেম্বীমু নংচদে

অকোং—নত্রবদি কনানো কোলোয় নপাউ শেংউদা

য়াংদৌ লম্বেল অসিবু লম্মুক্কহুনা ঙাওব্রা ?

ফৌওই—লম্মুক্কদে অঙম্বা ।

অকোং · নত্রবদি করিগী !

কেগে মোইরাং কনাগী মুম্নাক চাদ ওংবীনো ?

নিঙাই শংদানহুনা থঙলেন কনা কায়নবৈ—

থঙলেন কারন মৈন চু ককঙাওননা লাকপরা ?

ফৌওই—থঙলেন মশক খংজত্রি মুম্নেপ চার তমজত্রি

লম্মুক্কত্রি তাইথন্দ মুংশি কনাই মঙুংলাং ।

অকোং—পাইম নুংদ কিশি কি লৌথুপ লোকোই থম্বীমু

পাইম পুকচেল তিংবিয়ু শিঙেল কৈদ শাৎলিবা ?

কৌওই — উরিরৈদি উতাংবী পামজ পামেল অতুনা
য়েৎচনিংবা বাংলেন্দ শাফু কনবা নোংলৈনা
হুমথি মাইকৈ খংদনা খোঙ্গুল থোংকাপ থম্ব
থিথি পাইম বাখল্লনা শাইদাংনিংবা পামেল কা।

অকোং — য়েৎপিয়ুনে কৈদোগে শাইদাংনিংবা পামেল কা
ওইজগে ঐ পুক্নিংগী লেংত্র তলা পামেলদো
পাইম মুংগী য়াবানা চিন্নান থোংদ কোংঙমদ
কোংঙমদবা য়াবানা পাইম মুংদ নিঙাই তৌ
করি হায়না পাউদমনি মুজা ওইবী নকাদ।

কৌওই —চেংলৌ খৈন হেল্লবা মোইরাং ইবুং অঙম্বা
করি মুংশি য়াবানো চীঙ্গোইবীয়ু কৈদোগে?

(শোঙবা)—পুম্নমক কাওগ্রে ঐদি ইশানা ইশাবু 'মুম্মক
মুংশিবা হায়বা লাংতুই শুমহৎয়াইনা কুপগ্রে।

অকোং — মুংশি শরি বাশক্ল শরি পন্দোল লোম্নসি
অপাম কাদ থুংনসি মুংশি কাদ য়োনসি
চীংঙু মাবু শরেপ্ন শরি পন্দোল লোম্নসি।

কৌওই —(মতোমত)-চাকগ্রে 'তুডৈ মুজীংদ মুংশিব কৌবা লাইহু
য়াইবী মাদি মাংলমদ্রে—উরিবসিনা কনানো?

অকোং — করি থল্লি পাইমমুং
মুংশি বাখল থম্মোইমুং—হায়মু শানৌ মুংশিবী

কৌওই —পুল্লি খোঙকাপ অমত্তং থাংগে থম্ব থঙ্গৈ
পাম্মু মগুংলাংগীদমক খোঙকাপ অনি তুংহৈজ
পরি চৎল শঙম হন মুংশিবগী বাখন্দ।
অপাম ঊখৌ লাংবগী মুংশি তাত্তুম ওইরিনি।

অকোং—থাজদবা নপাউগী য়াবা চীঙ্গোইনরিবা
তাইবং মালং পানসিদ মুংশি খয়োম লাক্তুনা
পানমিন্নসি হায়ববু করি খল্লি পাইমমুং ॥
ফৌওই—মুংশিবা কোবা লাইছুগী চেংলৌ শককুম নিংথিবা
মুবা ওইবী কয়াগী রাখল থেন্নফম ওইবা ।
মুংশিবনা মাংওইন শকথংবনা কোলহৌজে
অকোং—চীংণ্ডু মানা থংসমু শরি পন্দোল লোয়্নগে
শানৌ ওইবী নহাকপু অকোংজাম্বা ঐহাক্কী
তালোয় শিংদ চন্দুনা মায়োক লৈবু ওইছুনা
মুংশি মপাল মরা তা পানমিন্নসি তাইবংদ ।
ফৌওই—মুংশি মপাল মরা তা লৈবা য়াদে তাইবং নোং
অপাম ওইবা থম্মোইমুং পুনবা য়াদে করিমুং ।
মুংশি ওইবা থম্মোইদ নৌনা থেম্ন করিমুং ।
অকোং—লৈরাং লৈখোং কোয়গনি মুংশি শামায় লৈরোইদো
কইগুম্বা শরিরবা, হায়গ্রবদি হোংলরোই ।
করি নোংগী তাইবংদা মুংশি মপাল মরা তা
লৈমিন্নবা য়াদবা—হায়য় করি নোংগীনো !
ফৌওই—চেম্থরকপা ঈচেলদা তাউথরকপা কৌশিংনা
ঈচেল-ঈরৈ ঈহন্নবা ঈরৈ থক্ত লৈবগুম
অপাম মাগী মনাক্ত লৈবা গুমদে ঐহাক্কী
তাওথখিনি ঈচেন্দ 'নৌবা তোব্বান অমদৈ ।
বাঙলেনহুদ থাম্নবা, করি পাম্বৈ লৈগনি ?

ঙারুং - [মন্নুংদৈ] পাথৌ অকোংজাম্বও !
থিবী লাক্লি অঙম্বা নঙগী লোইশঙ মচানা।
অকোং থিগে মখে থিসন্নু চৎকদব মরৈত্রে ।
ফৌওই —চৎলুখোনে অঙম্বা
অঙম্বনা লাক্লিব্রা ব্রাংলেনত্নুফাও ঙাইরমগে
হোংলোই খোঙফম্‌'মত্তং শানৌ নঙবু ন্নুংশিবা
করিগুম্বা লৈবাক্কী অরু থৌদাং লৈরদি
অকোং—লৈবাক নিংথৌগী পল্লদি লৈত্রবনি অমত্তা
ফৌওই—কুমজিন শাংপা লৈরাংগুম কুম্মৈ পাম্বা হৈরাংগুম
খমগোন মালংনবদা তেংবাংনবদা তিনবগুম
তলা পামেল উকাজবী পাম্মু য়াইনা চনশ্রবী
কোংগে খনবা ব্রাংলেন্দ হল্লোই প্রন্সি কবিন্নুং ।
—লৈশিনখিবা
— অকোংজাম্বা মাইক অমবোমদ গুন্দুনা য়েংখি
ঙারুং—[থোরকই] কৈদোরে পাথৌ নংবু ঐনা কৌবা তাদ্রব্রাও
অকোং - ও। ঐবু কৌবিবরা - করি হায়বিনিংলিবা ।
ঙারুং—তরা মথেল লুকোইদি ঙন্ন-লোইনা লোইহৌরে
লুকহানবা থৌরাংলসি খোঙদোয়রসি পাথৌও
অকোং - খোঙলেংলম্মো অঙম্বা ঐস্নু তন্ন য়োরকে
ঙৈহাক ঈচিক থেমখিগে হুমাং ঈরিক হজিনহন ।
ঙারুং - শানৌ ওইবী কনাগী নৌর য়াবা খোজেলদি
তাখিবগুম মতাখি, উখিবগুম মনিংই ।

অকোং—তোর্ব্বুং লমহাং লমজাওদ কনাদগী তাগনি
পাথৌ ঙারুং হনবনা পংহায় হায়বা ওইরিনি।
ঙারুং —পাথৌ ওইবা মকাদ তাথোক তাশিন তৌগনি
মুরা ওইবীশিংদনা থুপচাননা ৱাহৌবা
মুংশি শাবা মচৎনি, থিলহৌ-থিলহৌ পাউহোম্বা
অকোং—পাথৌ হান্না খোঙলেংঙো
ৱাংলেন মিৎকুপ 'মক্তদি পন্থখিগে হায়ববু।
ঙারুং —থাবল ঈপোম মবক্ত নাইতোম তাবা নোংইনদো,
শিঙেল লৈনম তাবদা ককঙাওনবা চেক্লাদো
লৈহি পানজ খোইমুই পাংখক্লীবু হায়দসিরা?
—চংথিবা—
অকোং—চেংলৌ শকখৈ খঙনবা ৱাহৌবদা ৱারোইবা
ৱাইরোইবদা ৱাপা শোয় ৱাবেপ্পবা ঙমদবা
তোয়না ৱাখোং লীনবা—মুংশিনবৈ মচৎনি:
পাওহোম্নবা কয়ানা মুংশি লিপ্পুন চেৎশিল্লি।
—ফৌওইবী থোরকই—
[হয়েং কৌবা ইমুংশোয় নিংথৌ পন্দি লোইহ্রনা
তুংওইনরম তোর্ব্বুং লম ইরানয়াইদা কুম্লসি
কংলা উক্রোং হোংবদা কোরৌ থর থৌচিনখি।
মুরা নঙবু মুংশিবী হোয় য়ারোবা কদৌগে?
ফৌওই—অঙম্বগা কক্লরসি কোরৌ মশক থানসি
কোরৌ নোংম মুমিত্তো, উনগদবা কোরৌ নোং।

ফৌওই—মুংশি ওইবা নওগীদা শাইদাংজগে খঙ্গবা
লোইমোম পাইম পীবুক্কুং তেহনবদি ওল্লোইদো।
অকোং—করি য়াব্রা মীকৌনা পাইম পুক্কিং তেগনি
তাংদাংবদি খঙ্দনা হনখিবদা পাইম মুং
মিতাজবা ইথম্মোই থম্মোই মহাম তাহৌনি।
ফৌওই—মুংশি লৌনম কয়াগী য়ানদবা মিৎকুপ্ত
হুল্লাল্লমই হেক্ত 'মক থম্মোই পানবা অমদা।
অকোং—নিংথৌ পননা কনবনা, ঙসি কৌবা ইমুংশোয়
চেংলৌ শক্ক তামগ্রবা য়ারা খোম্থোক মাংহনা
রাতেম্নবা ঙমদ্রস্থ শজিবু থাগী থাবুংদ
মুংশি খোংদোয় হুল্লকউ, পামজ পাইম পীবুক্ক
মুংশি কোঙ্গোয় হুক্কুনা, য়ুমদিম্নবা ওইজগে।
হায়য়ু শানৌ ওইবীও—পাউমেন্নসি হায়ববা?
ফৌওই—লমথারবা রাখলনা লমথুংফমদি য়ৌনিংবা
থারেপ্নব থাবুং মুংশি রাইখদ, থৈনসি॥

## লাইট ওফ

# তরুকশুবা তাঙ্কক

## ● মোইরাংগী কংলা

[ লোইশং মচা ময়াম্না থোগল তৌহনা নিংথৌ তাংবলদা ফমহনা লৈরি। তাঙ্গা অসিদা অঙম্বশিংনা মাগী মাগী ফমফমলাংদা ফমহনা লৈনবি ]

নিংথৌ - কেগে মোইবাং ফায়াইবা ফমথৌ লাংবা 'ঙম্বশিং নিংথৌ ঐনা নিংজবা পাইম পুক্লিং পেল্লেদো—

ঙারুং—(চংলক্লুনা খুরুম্বা)

ঐবু লোইবা লোইমাবা লাইনিংথৌও পুরিক্লাই
ঙাঙোই লৈগী মপুবেল লিক্লাই 'বুঙো ইনিংথৌ।
চীংঙু মানা কুবিবে, লোক্তাক ইশা মাপল কুম
লেম্লৈ ঙাবম থিরুবা ঙারম চাম শুজরে
নদাইবেমদি ঙারুংহন চৈবে ফিবু ঙক্ত য়েং
খুকউ লৈতাজহনা চীংঙু মাগী য়াইফ পাউ
লৈবাক নিংথৌ পলবু পাংথোকচরে ইনিংথৌ।

নিংথৌ—পেল্লে পাইম পুক্লিংসে 'ঙম্বা নপাউ তাবদা
ইদাইরেমদি অচানবা ফমফম লাংদ ফল্লো লাও।
কেগে ফমথৌ লাংবশিং শুন তিল্ল ৱাংলেনদ
ইদাই ঐই অচানবা শারুংহনবা অকোংজাম্বা
চীংঙু মাগী ময়াথং নিংথৌ থোদাং পুখিবা
হলৱাইরক্কবা 'সিবু 'ঙম্বা করম তৌরমগবা ?

নিংথৌ—থাবুম অমা ফাদৌরে শারম চাম শুদ্রিব্রা
করি খোংলৌ পল্লৌবা রাওরবনো ইদাইদা!
ঙাক্লং— লিক্লাই 'বুঙো লাইনিংথৌ ঙসি ইম্নুং শোয়বদা
'ঙম্বা খোঙদোয়রক্কনি তোর্ব্বুং লমজাও থাদোক্লম
নিংথৌ—অঙম্বা মাই মপাউনা অচুম্বদি ওইরবা—
চীংঙু মানা শরেপ্ল কুবিসমু ইদাইদা
তম্মু তাসি ইদাইরেম—য়োরক্কদবা কোবৌ।
ঙাক্লং—লিক্লাই ইঙো লাইনিংথৌ
ননাই ঙারুংহনবস্থ, শাক্লংহনবগী শাশঙদা
লৈকোই মপু ইনিংথৌ নিংথৌ পলবু লোইরগা
অঙম্বা মাই মথৌদাং থৌপাংলুগে চংলুবা
শারম চাম শুরম্লে চীংঙু মানা কুবিরে।
নিংথৌ—পেল্লে ইদাই পেল্লেদ ঃ
চীংঙু মাগী লাইফাওগী শাবম পোৎলম অমত্তা
চিথবদি লৈত্রেদো চীঙু শরেপ্লবিরে।
ঙসি কংলা অসিবু রাংলেন লৈন থেংদ্রিব্রা
কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ফম্নাইবদি অঙম্বা
ফমদৌ লাংবা কাংবুখৈ শুন-চোম্বা উদ্রিদা।
ঙাক্লং—খর খজিক রাৎলিব্রা?
অকোং—(চেল্লক্কুনা খুক্লম্বা)
লিক্লাই ইঙো ইনিংথৌ ঙাঙোই লৈদি মপুরেল
চীংঙু মাগী শিম্থাবু লুরেল কোক্ত থোংহ্না

অকোং—ইনিংথৌগী ময়াথং নদাই নমদ পোঙ্গনা
তোর্বুং শাশঙ লিংঙবা চীংঙ মানা কুবিরে।
নিংথৌ—ইদাইবেমদি অচানবা কমকম লাংদ কয়ো লাও
লোয়লাম থাবুম অসিমা চিথান থক-খা কাংহনা
হয়াও মীনোক তমদবা কোরৌ মশিং য়াম্নলেদ।
ঙসি কৌবা নোংলম্মী 'ঙম্মা নপাঙ্ভ তারকা
পাইম ঐগী পিবুক্কুং হয়াও মথোই কাখরে।
অকোং—ইদাইশিংনা পুরকহৌবা শারম চাম 'ঙ্গবু
লয়েন কৈদ থমস্সিগে নয়াথংদি তাকপিয়ু।
নিংথৌ—শাশঙ্গবু হোইক্সিয়ো।
অকোং—(মনাই অমদা য়েংলগা)
লৈকোই মপু 'য়াথংনি তম নঙ চংলুহে—
—মনাই অমা থোক্‌খি—
নিংথৌ—কমথৌ লাংবা অঙম্বা 'ঙম্বশিংগী মপাল তাং
বায়েল থৌদাজবনি—লৈবাকী অক-কঙদি
'ঙম্বশিংগী শিম্বানি—লৈবাক খ্বাইগী থৌদানি।
অঙম্বা থ্বায় চংহনা কমথৌ লাংবা কাংবুনা
থবাক চুঙ্গোইমহনা পাঙ্গোম থাংওইনহনা
মতিক লৈবা ফুদোক্ক ফ্লাইবী মাংবা পাম্মুদে।
লৈবাক খ্বাই তরাগী কইনা লমন শিংগনি।
কেগে মোইবাং লৈবাক্ক নিংথৌ ওইনা পাঙ্গবা
ঙক্ক থোনবা লৈবাংবু লৈরাং 'মত্তা লেংবঙম
বাখল-লৌশিং 'ঙদৈ মপাল তাংনা হিংজবনি।

অকোং—ঙসি কৌবা ইস্নংশোয়
কেগে মোইরাং লৈবাক্সী ফমথো লাংবা অঙম্বা
অঙম্বা শুনা উদবা কেগে ব্রাথোক য়াওব্রা ?
নিংথৌ—কেগে ব্রাথোক য়াওদেদ ঃ মোইরাং কৈশু তৌদেদ ঃ
কংলা উক্রোং হোংগনি চীংঙ্ মাগী নপাউথোল
লাইবাও অহু তাবদৈ কেগে 'ঙম্বা কাংবুনা
খাইরৌ লাইরৌ চেন্দুনা চীঙ্ই পোংলম থিনগ্রি।
[ওকচিল্লাকপা + তোলোংখোম্বা চংলকই]
চংলকপগা খুরুম্মী। ]
—ওকচিল্লাকপা অঙম্বা—তোলোংখোম্বা অঙম্বা
ওকচিল —[খুরুম্মী] কেগে মোইরাং লৈবাক্সী ইনিংথৌদি পুরিক্লাই
তোলোং—ঐবু লোইবা লৈমাবা।
নিংথৌ —কংলা উক্রোং হোংনবা থৌরাং প্ম্বা লোইবিবে
করি-করি ব্রাংলিবা পাউদম্বীয়ু নশুদা
ওকচিল —শারুংহনবা ফম্নাইবা মাইবা-মাইবী ঙম্নমক
নিংথৌ পাউবু পিহুনা মথৌ মথৌ পাংবদা
খোঙলৈ থর য়াংনবা শিঞ্জরম্লে ননাইনা।
তোলোং —কংলা উক্রোং হোংবগী মফম পনখৈ য়াৎলম্লে
চংগদবা পোৎলমশিং ঙম্ন শিনবা লোইরম্লে
অব্রাৎ-অপা অনৌবা হঞ্জৎনিঙাই লৈজদে
অকোংজাম্বা ফম্নাইবৈ শারম চাম শুরব্রা ?
অকোং — শারম চাম শুহুনা শাশঙদবু য়োহনব্লে
চীংঙ্ মানা কুবিরে কেগে মোইরাং থৌদাংনি।

তোলোং—করি 'মুক হঙ্গৎনিঙাই লৈরিবগে ঐখোয়না।

নিংথৌ —থৌদাং ঙম্ম পুনব্রে অৱাংপদি লৈতরে

মপোক ক্ব্বা ময়ামগা লাইবক য়ুমদিন্নবা

কংলা উক্রোং হোংজবা, ঙমজগদৌরিবনি।

ইপু ওকচিল্লাকপও— কোরৌ হয়েং নোঙ্গাশোয়

ওকচিল – হঙ্গৎচরে নপুনা হম্ম হুম্না কয়ারক

অৱাংপদি লৈতৱে কেগে মোইরাং লৈবাক্কী

শজিবু থাবুং 'সিমক চীংঙু মানা তম্বনি

শোয়দফদে লাইনিংথৌ— মপু মাগী মপাউনি।

তোলোং – হন্দক উক্রোং হোংবসি হৌখি থৌদোক কয়াদৈ

হেন্না চাউবা কুম্মৈ ওইনগনি শোয়্রৈদো।

নিংথৌ —ইপা-ইপু খোঙ্গুলদা, ইহাকথক খুনাম তুংইন

কংলা উক্রোং হোংজবা ঙমজগদবা 'সিমক

চীংঙু মানা কুবিবা কেগে মোইরাং থৌজালনি।

ইপু ওকচিল্লাকপও—কইগুম্বা য়ারা 'মক্তং।

ওকচিল —তাকপিয়ুদো লাইনিংথৌ কেগে মোইরাং লৈকোই 'পু।

নিংথৌ —হন্দক উক্রোং হোংবগী উহকপনা কনানো?

উয়ানবনা কনানো? উক্রোং হোংফম য়োৗরক্লত্রা?

ওকচিল— ঙম্না থৌরাং লোইজরে, শিন্নরকপা ঈথৌদাং।

চীংন পরৈ থঙ্গীমু, হায়দোকপিয়ু ঙম্নমক।

অকোং—(খুরুমজুমা) ঙসি কংলা লোয়শঙদৈ খোঙহায় খর হাঞ্জগে

লোয়দাম থাবুম অমদৈ, তোর্ব্বুং শাশঙ লিংঙুবা

অকোং— ঙসি কৌবা ইনুংশোয় মোংকম ইবান য়োপ্রগে
বাংলেন খর হাঙ্গগে কংলা লোয়শও কুমদা।

নিংথৌ— কৈদৌবগে অচাম্বা, লোইশও কাবা মচাশিং
কমথৌ লাংবা অঙম্বা, অঙম্বা খাই তবা থিন
য়াবম খর খয়য়—ঙসি কংলা লোইরসি
বাংলেন খর ভুদংদি বারকনু য়াদ সা
লৈথবিথো হায়ববু—'ঙবা করি খল্লিবা ?

অকোং— নয়াথংদি ইনিংথৌ, মালেম লৈদ কুমকদে
কোয়ৌ থক্ত কাকদে, কিপ্পাও শান লৌশিনৌ।

নিংথৌ— কমকম লাংদ অঙম্বা ঙৈহাকদি কমীথো—(কমথি)

ঙাকং — য়োল্ল কাদ ঙাকপিনি
ঐবু লোইবা লৈমাবা লৈকোয় মপু ইনিংথৌ।

নিংথৌ— কৈনো হায়য়ু অঙম্বা, নপাউথোলহ নিংথিবা।

ঙাকং — কেগে লৈমরোলশিংগী নোইনা ঙমদো হোবা
জগোই খুথেক অমত্তং খুদোল তমসি পাথৌগী
হুক্ৎচবা অসিবু করি কাম্বা লৈবগে ?

নিংথৌ— 'থুবিদনা অঙম্বা পেন্নে নপাউ থাক্দ
খোয়থুমবা নবাহৈ, ইদাই অকোংজাম্বও।
করি খল্লি পাইমদুং অঙম্বগী য়াবাসে

অকোং—লৈকোয় মমাই লেপ্লিবা লিক্লাই 'বুঙো ইনিংথৌ
নকাথংবু ইজবা, অঙম্বগী মথৌনি
কৈবাক নিংথৌ য়াইকম্বা অঙৈহ য়াইকবনি॥

ওকচিল – লোংলেন্নবা লোইরবা হয়াও-হুইগী ময়ামগী
পুং-ঈশৈশী মখোলনা, অগোই থুংথেক কয়ানা
অকল-অথৌ কয়াই তাদম্লবা থাংয়ামবা
লমজেল কাংজে মুক্তা হোম্ন-মা হোম্ন হয়াংখেবু লাং—
শাংকায়রবা লৈরাংগী থম্বাল লৈরিক কয়াম্বা
মতোম্মত কেনখগুম কেয়াগদ বাংলেন্দ
ওন্সি পুম্নো নৌনা 'থুক কায়হৌরকবা তারগ্রা ?
তোলোং—ঙারুংহনবৈ থাবালে, ময়াদবদি লংচদে
'হুম্মনি ওইরবদা ওকচিল্লাকীপ থাকমসে
খরবদু মম্নাইদ হয়া য়া'ন অম্নিমক।
ঙারুং — লাইনিংথৌমা তাকপিনি, হৌদোকচক থাকমলে
লংঙং নোংদ ঙাইবনা হন্দোকচয়ে থাকমদো।
অকোং— ঐখু লোইবা লৈবাবা থাদাং হায়রা য়াজরে
হঙ্গংচগ্রে থাকমলে ওদি কৌবা ইমুংশোয়
অরা-পোৎথানরসি হয়েং উক্রোং হৌংখগী
য়াম্নৌ ওমা থুংনসি—চীংগু মখোদাংগীদি।
নিংথৌ—অবে, কমদৌ লাংথশিং ওসি কৌবা ইমুংলোয়
মুঙাই মঙলাম তমহুমা অম্বা পোৎখানবিরো
ঙসিগীদি অন্তুম্মক কংলা কৈগে লোইরগি।

লাইউ তক

# তরেৎশুবা তাঙ্কক

## ● কংলা উক্রোং হোংকম (লমহাংদ)

[ষ্টেজগী ময়াইমক্তদা উক্রেং মশা অনি লোংবা লেপ্তগী হেন্না বাংবা অমা পুথোরক্লুনা খিল্লি। উ অসি ফজনা হক্রবা উনি। উ কারোং অতুগী য়েন্তা লাইনিংথৌ মান্না হকই, অতুগা ওইদনা লাইরেম্বী মান্না হকই। য়ুংইবা উ অতুনা লাইগী ফিজোল মান্না হকই। নাকল অমদনা শঙ শাত্নুনা নিংথৌ ফম্লী। নাকল অমদনা লৈবাক্কী অঙম-অথৌ ময়াম ফমই। মাইবা-মাইবী পেনা-শকপনচিংবা থোরক্লুনা উক্রোংনা শাবা লাই অতু থবাই হাপ্লী। লাইশোল তিনশোল শোল্লি। নাকল অকোয়বদা মীয়ামগী য়েংফম্লি।]

মাইবা—[থোরক্লুনা]

কেগে মোইরাং মমাংদ কেগে মোইরাং পুশিল্লাই
ইনিংথৌনা মীয়ামদা—"য়াইফ পাউজেল শোল্লসি"
চীংঙু মাবু শরেপ্ন থাগোনবিরো হায়রিয়ে।

[মীয়াম্মা নিংথৌদা ইকাই খুম্নবা উৎপগী মতৌ উৎলি, নিংথৌ থোরকই—]

নিংথৌ—কেগে মোইরাং 'পুম্বা ভসি শজিবু থাবুংদৈ হৌ
কোরৌ থাবুম অমা চুপ হরাও-তয়াম হৌরনি

নিংথৌ- লৈত লাইর অমত্তা কেগে মোইরাং ইরমদম
লৈতকদ মরম্মা—অবা-'না লৈতনবা
কংলা উক্রোং হোংলিঙৈ চীংঙু মানা কুবিসন্নু।
কেগে মোইরাং পুম্নমক নিংথৌ ইহাকথক্তে
পাথাং পুথাং য়েন য়ৈ চারোল শুরোল আ-ফাওবা
কংলা উক্রোং হোংবগী মনম 'সি কোক্তসন্নু।
লৈবাক খুঙ্গাও লৈচাওসে ম'হ্-মরোং চুমহনসে
সুঙাই য়াইবী মরাং কায় হরাও তয়াম হৌরসে—
চীংঙু মপাউ অহকপা চীংঙু মাগী য়াবা ইন
চীংঙু শারেল চল্লসি শারম-ঙারম কৎলসি
লৈরাং লৈহুন তম্লসি মানা-মানা ঙমজবা
লাইনিংথৌদ কৎলসি লৈবাক মরা চেৎনবা।
শুকচিল—কেগে মোইরাং পুম্বদা লাওথোক্লিয়ে ঐহাক্না
কেগে মোইরাং খুঙ্গাশা লৈত-লাইর অপুম্বা
অবাৎপদি লৈহল্লোই ইনিংথৌগী য়াথংনি।
তোলোং—উরাই উয়ান উহক্ল-লৈবাক মীয়াম খঙহৌরে৷
নিংথৌ 'সিগী হাক্তক্ত কংলা উক্রোং হোংহুনা
লৈবাক মীয়াম পুম্বসে খুঙ্গাও লৈচাওহল্লনি।
[তাঙ্গা অসিদা শায়াম থোংবগী মখোল তাই]
নিংথৌ—কেগে লৈমরেল লুচিংবী থোরক্তুনা হুজিকমক
কেগে মোইরাং য়াইফবৈ জগোই খুংথেক কৎলোলাও
উয়ানবনা কনানো, উহকপনা কনানো

নিংথৌ — লমজেল, মুক্তা কাংজেলা ওয়মবী মনাদি —
ইপুনা থৌকপা শিনবিরো অঙ্ক-অক য়েংহুনা ॥
[ অসুম্বা জগোই শারি মচি অমদা, মচি অমদা মুক্তা শায়ে, লমজেল চৈরি, পম্বমক অসি খুদোংচাবা য়েংহুনা উংশিগেম্মু, উংলোই হায়বসু য়াই — তাঙ্গা অসিদা ফৌওইবী চংলকই, অকোংজাম্বা থিরকই, অকোংজাম্বা কুম্মেদা হুওইনা য়েংহুনা লৈরি। নিংথৌগী মনাই থরনা য়েংলিবা মীয়ামদা মানা মানা পাম্ব ? নিংথৌদা হঙ্গংহল্লি ফি পাম্বা কি পি, চানবা পি, অবাং অপা লৈহন্দে। মরক অসিদা ফৌ-ওইবীসু করিগুম্বা অমা নিংগে হায়বগী মতাগুম মমাই অমগা লোয়নননা চংমিন্নরকই। য়াম্না মোং-তাই চুদামবা, লাইরবাগী মওংনি। মনাই অহুনা নিংথৌগী মাংদা পুনশিল্লকই। ফৌওইবী থুরুমম্মী।

নিংথৌ — করি পাম্মী হায়য়ুদনা —

ফৌওই — হঙ্গংচনি নমাইনা কেঙে মোঙ্গরাং ইনিংথৌ।

নিংথৌ — হায়রু তাসি লাইরবী।

ফৌওই — লৈকোয় মপু ইনিংথৌ, করি নিমি নমাইনা
লৈত্তে হায়না মিজরোই, লাইরে হায়মা হায়জরোই।
নমাই ঐনা পাম্বদি, লারুংইব থক্লাইবা
অকোংজাম্বা মহাকী ওক্ত থোল্লি লৈরাংসে
পিনবিয়ু মুজা কা পামজবৈ হায়জবনি।

নিংথৌ— করি থল্লি অকোংজাম্বা—ইনাই ঐই অচানবা।

অকোং— পামজহ্নুনা নিরকপা লৎনগনি করম্না

লৌয়ো শানৌ নিংথিবী, পামজ লৈরাং পরেংসে

চেৎন থম্মু থম্মোইদ থাগোম্লনা থাদোক্লু।

[অকোংজাম্বা ফৌওইবীদা মুন্না য়েংই, ফৌওইবী লুকথখি।

অকোংজাম্বনা মশক লাকশিনবা ঙমদে। অকোংজাম্বগী

লৈগী পরেং হুম্থখি, পিখি।

ফৌওইবীনা হয়াওনা চেৎনা কোনশিঙ্গহ্নুনা চৎখি।]

অকোং—কাওরুরেনা ঐহাক্তী

নোংম তোর্ব্বুং লময়াইদা উনখিবা শানৌগা

চেংলৌ শকমাম্নবীবা ? নিংশিংহল্লি থম্মোইদা।

[ অকোংজাম্বা ফিংনা চৎখি, নিংথৌ অঙম-অথৌ

কয়া মঙোন্দা য়েংহৌই। অকোংজাম্বা অমুক

মরু লুকথনা চংলকই।]

**লাইট ওফ**

# নিপালশুবা তাকক

## ● অকোংজাম্বগী মরানয়াই

[মাঙ্গোন্দ মালং ঈচিক থেমচুন বাখল মুঙাইনা লৈবি। তাঞ্জা অসিদা ফৌওইবী হেম্বা চম্নু শাচুনা অকোংজাম্বগী মরানয়াই তম্লক্লি, থোঙ্গান্দা ঙৈহাক পোংথাই, চিংননা য়েংই, হাওশম্ম মুজা লুদ থোংই, লমজেন চৈশু অমা খুত্তা পাই স্বর শাংনা য়োন্দোকই, চনিং তানা ফমথখি।]

ফৌওই - মুংশি মাগী লিচিংনা পুনখিবনা ঐহাক্কী
ঙক্ক হুইগং থাংবগুম মাঞ্জ মকা তম্লক্লি
ঙসি কৌবা নোংসিনি অঙম্বা মাগা ঐহাক্না
কোরৌ মশক পান্দুনা ককুখিবা মুমিত্তো
বাংলেন মিৎকুপ 'মতং ঙাইখিসিবা ঐহাকপো
শরিনবা মশেন্নি নামুংফদে করিনুং
চংগে মাঞ্জ মশাইগোন বারেপ্পগে ঙসি নোং।
[লোইমোম ফৌওইবী ফিজেং-লাকচেং শেমশিন শাজিল্লি, অকোংজাম্বা হংবা চংলকই, তাঞ্জা অসিদা থোইদিংজম চনু মাগী মথৌ লং নাইচুদা লৈরি]

মমা — পারি অকোংজাম্বনা শারম চাম ফারুঙৈ
কৌগে মোইরাং লৈবাক্কী চীংঙ্ মানা কুবিরে।

ফৌওই—(তুমাং মচিদ লেপ্লগা)

পলেম নঙবু তাবরা ইবুং অকোং লৈতবরা —(খুমদে)

পলেম নঙবু তাবরা ইবুং অকোং লৈতবরা ?

[য়েংথোরকই, শাওনা লৈশিনখি খুমদে]

পলেম নঙবু তাবরা, ইবুং অকোং লৈতবরা ?

মমা — কবি থোকএ হায়রুনা

তরাক তরাক পাউহংবা চম্মু নঙবু কনানো ?

ফৌওই—ইবুং অকোং মহাক্কী মরানয়াইবু নৎতব্রা ?

মমা — হাদ ইমোম মানবীও, পারি অকোংজাম্বদি

তোঙ্খর্বুং য়াওবো খুমনপুং য়াংদো শারম লীবনী

চকমোম ওমথায় তাংখিয়ে, খৎদবরা নহাকপু ?

ফৌওই—কোরৌ স্নুমিৎ তসি য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা

মত্তাং খর তেম্বনা স্নুমিৎ থোঙলেন খনখরে

কোরৌ নারল ব্রাইবনা য়াংলৌ লমদাং উররোই।

হাদ পলেম মানবীও ওসি কোয়ৌ স্নুম্বিৎসিন

ফুঙ্গা নঙগী লাইরু নাক চীংস্নুং নোংদাইগে হায়বু।

মমা — হাদ মোমন্নু মানবীও নমু পোংগা মান্নদে—

কদি ওংশিনাইবু শেৎ তয়ুম মীনাই নাইথাং মান

শজিফু লৈখুন তৌবীরা, মিরেন পাবোৎ লোনবীরা

অছিং ইম্নুং খুরালবী মান, নমু মীছিং চাগুম মান—

ফুঙ্গা ত্রৈগী লাইরুনাক লেকফরোইএ খঙবরা ?

তাঙবা ইরুই য়াম্মীদ থৌজিল্লকউ হায়বরা।

ফৌওই—মোংবা নঙগী নরানয়াই য়াইরেক খোঙকম অমতুং
নিগে হায়না হায়রুবা য়াবা মীচৈ অকনবা
অতুক ঙম্না হায়ববু পলেম মচং মান্দেদ
হাদ পলেম মানবীও মাঙ্গোল নঙগী খেঙ্গোংথক
য়াঙ্গোইজগে হায়ববু হোইয়াবিয়ু পলেমও !

মমা — মোংবা মাঙ্গ খেঙ্গোংথক নমু পোংদিন্নফম্নে
লৈফরোইয়ে খংজোও হায়দবরা ঐহাক্না ॥

অকোং—শাইগং নঙগী য়ুম্লেন খা কাউবেল নঙগী নশঙ্গোন
অমা অমা ওইরবস্থ য়াইরেকচগে ঙসি নোং
চীংমুং ঐবু নোংকাইগে হায়জবস্থ পলেমও !

মমা — ইনোম নঙবু ব্বারৌমু শাইগং ঐগী য়ুম্লেন খা
ইরোক তেকপি য়াম্মীনে শাকারম্নে খংজোও !
শুমাং নঙগী নথোবুং য়াইরেকচগে মচি 'মা (দা)

মমা — হন্না হন্না কয়ারক হংঙবনো ঐঙোন্দ
শুমাং ঐগী ইথোবুং থোপাম তাংমাবোইস্থংদি
কাওরেন লাইথেংফম মানবী চীয়ৈফমনে লৈফবোই ।

ফৌওই—হন্ন হন্না কয়ারক হায় হায়না ব্বারৌবীমু
ঙসি কৌবা নোংজাদ পলেম নঙগী নরানয়াই
য়াইরেকচগে হায়তুনা য়াইরেক খোঙফম নিজরি ।

মমা — চৎথোকপ্রো চৎলোহে নঙবু নঙকশম পাইতুনা
খুদোল লৈতাহন্দনা ইম্নি হায়বা খঙদরা ?

—শাওনা ইমুং চংখি—

[ফৌওইবী চৎলগে খব, থোরকপা উই,
খংলেপ লেরী, বিংখিংবকই হৌখি রা]

ফৌওই—চুংশি মাপী মখক্ক শরি পন্দোল লোয়খিবা
অশাও পৗ থোকওয়া পাইম পুন্সিং কাবগে।

মমা — [থোরকই] লৈরিনে হুজিককাওবা

ফৌওই—মপু-মচা খমকা থোপক্লোনহু খক্কদ
খওক্ষনা হায়খনি খুকৌবিস্ত ইবেম্মা
মোইরাংঙীদি অওবা ইবুং অকোংজায়দো
থাইনাওবী ইওাইরমি ইবুং শাবা মহাকী
অওবা মাই মকাদ খাশক অমৈ লাকপনি।

মমা — কেগে মোইরাংং মাইক্কনবা খংলা ঊক্রোং হোংবৈ
নিংথৌ খোদন কনখনা ওসি হয়েং খওদরে।

ফৌওই পোইরৈ তাম্মা লাকপমী ইবুংঙো অকোং ওাইরগা
হয়েং ওম্মা হনখিগে ওসি ইমুংসিদদি
য়াবেক খোওফম শিখিরো থোক্কানখিমু ইবেম্মা।

মমা — তাংগৌ লৈরা খোঙফাও ওাইরো অকোংজায়দো
জাক্লে খরে খেংখরো, লাক্লে খরে ঙাইহৌনে
পলেম ওইবী ঐগীদি কত্তে সুংদে হায়গনু
খোয়্নেন তুমখুন তাল্লনি নংন থোকপা ঔহৌরো।

—চংখি —

ফৌওই—য়াইরেংথ ওখিদি কোয়ৌ লোংজা অশ্রিমা
পাম্মু মান্নু ওাইরো শাইকং খার অহনক,

ফৌওই—মুংশি পন্থুং তাম্লগে শরি পন্দোল লোম্লগে।
শাইকং খাগ থিররোই ফংল লোইরে মুংশিবা।
[শম অতু মকম চানা থাত্না থমই, পোম্খাই, তুম্নবগী থোরাং
তৌই— ষ্টেজদগী মচি নাকল অমদা ফৌওইবী থুকউগা
লাইবক্কা শম্নবা তাশিন্দ্না তুমই। মুংশি মুংশিবা মঙালনা
ফৌওইবীগী মাইথোং য়ৈরকই, লোয়ননা নোংঙাল্লমদাই
অঙানবা মশেক, উচেক রায়া য়েন্নচিংবগী খোংবগী মখোল
তাই— নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লে— অমম অঙান
শিন্নরকপা তাঙ্গানি। ফৌওইবী মমিৎ মনা শিংঙকই।]

ফৌওই—ঙাইরে ঐস্নু হায়নখিবা কোরৌ মুমিৎ অতুফাও
লাক্কে মাদি অঙম্বা, অপাম মথৌ মাংওইনা
মুংশিবনা তুংওইব তাইবং হৌন শিচৎনি
মুংশি খোঙহৌ হাল্লুঁঙে কাওঁজ ইশা ইরোমদোম
অপাম মনিং থুংলগা মুংশিববু মকাওই।
'ঙম্বা মাবু থিরমই খংহৌনবা ঐহাক্না
ফৌগী লনগৈ পৈরমগে কুবিরগে ঙসিদি।

ফৌওই—হাদ পলেম মানবীও থোইদিংজম নিংঙোনবীও
কংলৈ নঙগী নশুমাং ফক্লোং চরাই থাজৌও!
চীংঙ্ ঐগী ইরনকু খোইমোম ঐগী ইথৌজান
মোংবা নঙগী শাইজিন খা ইম্নুং অমৈ য়াইরেকমল্।

মমা — [থোরকই—ইঙক ঙক্ল]—নাইজহনবা!
ফক্লেন চরাই থাহল্লু, নরোইশিংবু নাইজহন
করিবুনো মহাক্না কুবিগেবু হায়রিবা?

নাইজ—[থোরকই] তিংলে শুমাং মথৌবুং ফক্লেন ফকশাং 'মক্তনা
অঙম্বা মাই মশুম্মাং নয়াথংবু তুংইন্না।
[ফৌওইবী মঙালগী মশক লৌথরে, শারে
লৈতাই, নোংদাই, লৈনেৎ জগোই, পুন্নং লংই
ফৌনা নোং চুরকপৈ মখোল, নাইজহম্বা অমস্তুং মমা
ইঙক ঙক্লা য়েংহৌই।]

নাইজ—কৈনো তৌরিবসিবো—
লোইমোম ফৌ মক্তনা নোংগী মতৌশুম চুথরে
পৈরে ফৌগী মপৈ, চীংত্তুম চীংত্তুম মপৈ-মপৈ
সনা লোইমোম ফৌতনা, ফকলেন ফকশা থনখরে।

মমা — [খুরুমত্তুনা হাদ ফৌওই লাইরেম্বী
ননাই ঐন লানখিবা অয়োন পম্বা ঙাকপিয়ু
ননাই লানবা ঙাক্তনি বারৌবিন্নু লাইরেমা
হেম্ব চন্নু ওইরবোই নিংলুত্তুনা ননাইনা
চিল্লাং খারাং চৈথিবা ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু।

ফৌওই – (খোজেলতমক)
পুনবা য়াদে ঐহাক্তী অপাম্বনা কৈদৌন্নুং
ভাইবং পানবৈ অপাম্বা ফৌওইবীবু পুনঙম্লোই
মুংশিবগী লিচিংতনা পুল্লম্বনি ঐহাক্তী।

[স্টেজ অত্তু পুমথক থকতুনা, পুন্নং লংলম্বা পুমঙাল ঙাল্লম্বা অত্তু ফৌওইবী চৎখিবদা থংমম মমশিনখি—অকোংজাম্বনা ফিংনা চংলকই, মমানা নোংদোল থক্ত য়াম্না তাম্না য়েংত্তুনা লৈরি।]

অকোং—[হিণ্ডক ওক্ন] কৌনা চীংক্রুম চীংচুম খিন ঙমাং মথৌবুংন্দিদ
খয়ুম কনা শাক্পী কনি মশো কৌরনো !

মমা — হেম্ব চঙ্গু শাবোন লো লোইথোখ কৌণ্ড শাইরেম্ব
পাম্মি অকোং মহাকপু উরসনি লাকপদা
লোইশী চীংদ তোংবা লেবা অহুমি খন্দুনা
অথি মীচৈনহুনা শাইজিন্দবু য়াদেকহন
তাথি-তাওই শাওরুবা লাইরেম্বাসি থইরম্মে।

অকোং— হাওঁরে কদোম পাংবদা চংব্রবগে শজেনও !

মমা — মশেক মঙাল মথক লো কৌনী নোং চুমসগা
হাওরে অবাং পাংবদা মুংথি মঙাল অরুম্বা।

অকোং — করি কবি হায়রম্মী ?

মমা —থাইনঙৈগী মঙাইমি ইবুং শাবা অকোংমি
পান্নাও শিংনাও থরাং পিগে হায়মা লাকপনি
উন্নদ য়াদবমি, 'কক্ক কোরৌ খুমিংলমি।

অকোং - কাওজন খিবা মপোক্নি মমু তাইবং মীওইবা
কংলা উক্রোং হোংথৈদ লৈরাং পরেং মিরম
লাইয়র চমোৎনবী শা নিংবা কায়ম হনখিবী—
কাওরুরেজনা ঐহাক্তী শম্মি বাশকুখিবা
'হুথৈ খুমন ঙারৌ খু শারম চাম খিরিথৈ।
মাইজহবা লৈজব্রা? ভারিক্রা লাইজহনবা—

নাইজ —নদাই লৈজ তাকপিমু অবাং-অপা খ্ংমমক।

অকোং —চৎলু থিম্নে হজিকমক—ম্নাঙ্গোহি থৌমাং লোইরুরো।

—লোকখিবা—

অকোং -- লাইরেম মাবু কংনবা মার খোঙ্গুল লিরুগে
ওন্থোকখিদ তাইবংপান অশাংবা কুপথিচৈ
মুংশিববু কাওথোকই নমু তাইবং পানবনা
লৈমাং পরেং অমনা মুংশি বাথৈরগে খন
চান্ন মীনোক অমনা অরোই মিংয়েং ওইগে খন
মুংশি মাদি লাক্লম্বোই-- পাম্মু ঐবু থিহুনা
অপাম-মুংশি অনিগী মুংশি খোঙ্গুল লিরকপোই।]

(শগোল কন্না থৌখিবগী মখোল)

লাইট ওফ

# অরোইবা মতাং

● লোইজীং চীংয়া ● মুক্সিবাংবাইরম

[কৌওইবী তুংহন্মনা য়েংলগা চংলি]

কৌওই—শারুংহনবা ফম্মাইবা, অকোংজাম্বা অঙম্বা
অপাম মানা তাম্লক্লি মুংশি ঐবু কংনবা

—মরুমদা লৈশিনখি—

অকোং—[ইকিং কিংনা চেম্থোরকই, শগোলদগী কুমথরকপনি।]
মুংশি মাবু তাম্লকপা অপাম্বদি ঐহাক্না
লোয়াবাকপা মশাইগোন লোইজিং চীংখোং য়োরক্লে।
শানৌ মাবু কদাইদা চেক্লা নাইতোম পাইব্রবা!
মুংশি মিৎয়েং মিৎমাংদ শানৌ কৈদ মাংব্রবা?
[তাঙ্গা অসিদা লোইবী চীংয়াগী কৌবী শিংনাং
মরক্ত ইরাং লাংবা মখোল তাখি।]
কৌবী শিংনাং মরক্ত শানৌ মাদি লোৎলিবোই
ঙসি কৌবা ইমুংশোয় শানৌ মাবু থাররোই
অপাম ঐনা চেৎন লাক মুংশি মাবু পুল্লগে।
[অকোংজাম্বনা কৌওইবীবু তাম্লখি, ষ্টেজ মমুং তাম্লা
চেলশিনখি। কৌওইবীবু তাম্লহুনা কাবগী মঙংদ
মথুজেং কাহুনা চিংখোরকই।]

কৌওই—থাদোক্লোনে কৈদৌগে
অপাম নঙনা পুন্নসু সুংশি ঐগী থম্মোইসে।
(মথুদাং থাদোকই)
অকোং—থাদোকপদি ঙম্নরোই শানৌ ওইবী নহাকপু
শরি বাশকুখিবা শরি পন্দোল লোম্নসি
ঙসি কৌবা ইমুংশোয় ইরানয়াইদ হল্লসি।
কৌওই—তাইবং মশক থঙজরে খোঙদোয়রগে থাম্নসু
সুংশি নঙগী নশুংলাং মাংশোক শাইকং য়াইরেকহন
তাংলৌ অহিং চুপ্পদো থাংখিবনি নশুংলাং
বাংলেন অহু ফাওবদা কনা হুন্না য়েংবিদে
অপাম নঙন হুজিক্ক সুংশি ঐবু তাম্লকপা
মাই ঙমদে ঙমজরোইয়ে তাইবং পান্দ নৈজরোই।
অকোং—শানৌ সুংশিথোইরবী থম্মোই পাউদম তাখোনে
অপাম ঐবু খোয়শাওন করি সুংশি খোঙদোয়নি।
কৌওই— অপাম নঙগী সুংশিবা থুংলবনিনা ঙসিদি
শমু ঐগী ইহকচাং চেংলৌ শক্তম ওল্লনি
য়াইবী থবাই অসিনা ফজবগী মপাল তাং
অপাম নঙনা পামজবা চেংলৌ শক্তম পান্দম লাক
মপোক লাংওন অমদা সুংশি বাইথুংমিল্লসি।
অকোং— ফংগ্রিনৈদি ফংগ্রিনৈ ফংলদবু সুংশিবা
অপাম ঐই ইথুক্তগী করম্নবু থাসিগে।
কৌওই—নৈরাং অতিংঙা তারনি হলবাইগ্রো পাম্মুবা

অকোং—পাইম ঐগী পীবুক্নুং খোয়খা লিনখা থাক্নুনা
অশাও পরে লাক্নুনা খোয়নাং খোয়শা ওনখনা ?
ফৌওই—উরি ওইবা মচৎনা তলা পামেল তমপ্রা
মতম কৌবা তমখীবা নোংলৈ মুংশিং লাক্লনা
তলা নাক্ত য়েংওমদ লমখাংদ মাংখিবা
মুংশি কনাই মরালবু ওইগদগে পাম্মবা।
অকোং—খোঙজেল য়াংবা কোরৌনি ঐনু খঙই মুংশিবী
নিংথৌ পন্না কনখিঙ, খোঙজেল খুজিন থিনখিঙ
মুরা নগাই য়োঙঅদে খোয়শা লিনখা থাগনু
ফৌওই—অপাম খোঙকম্নবনা ঙাইতমগদবা মপোক্নি
অকোং—শিঙেল লৈশাং তম্বনা লৈনাং লৈচা শেংত্রিদো
পাম্মগী শিন্নৌ লশিংনা কুয়োম মপাল খোক্রিদো।
তাউজীং হৈয়াং 'মকুনা হৈজিং কাবা নত্রিদো।
ওমদা হৌবা লফুনা থরো মপাল লাক্নুরি
কোবৌ থাবুম অমা লানখিকনু নত্রিনা।
ফৌওই—মপোক লাংওন অমদা চেক্লা তুম পাইখিন্ন
পাইখিন্নসি তাইবংপান, হুনরাইব্রগে ঐহাক্তী।
(চৎকে তৌবা, অকোংনা থাম্মী)
অকোং—অপাম্বনা করিগী মুংশিববু খংদবা।
ফৌওই—কোবৌ মঙাল ফজিন্ন থম্ব ওন্নি কনানা
মঙালতনা তাইবংদা খোঙদোয়রকপা নত্তনা
থৌশিং তানা তৌকনি থৌগাই কায়বা ভাগনি।

অকোং—হায়জরিবগী য়াদবা শাদৌ ঙইবা মচংশা ?
করি হায়রবা কৌরবা 'হাও' হায়রবা খুমগনি।
থম্মোই শাবা কয়াগী থাকংশবু ভাদত্রা ?

ফৌওই—লোইমোম ঐবু হায়জবা কুমজা কুমগুম অদুদা
তেকপী ওইবী অমুবীদ লোইমোম ঐবু কৌকৌজৌ
কায়ঙ্গীর য়েনমোম অমুবী লোইমোম ঐবু কৌকৌজৌ
তম্ফা ঐগী ইকজলেন খোইমোজ ইচন ওঙ্গ শেম
চৈরৈ কিজৌ ঙৌম থল কিরাল লমঙাম চুম য়ুং
ফক্লোন চিরাই থক্তুন থাংয়ি চাতোম্ভকথু
খারি লবুক য়াতাঙম শিংপাক শিংচু য়াজচীক
খোইমোম ইনিং শোজৌও, খোইমোম মাজং ফেনচি ওই
থুমকোল নোংলৈ মুংশিং শা, খোঙকুম্নকে অঙম্বা।

অকোং—মুংশিবা হায়বা অতুই ইরিক 'মঙা পক্তবা
শাহিং চাবা শাঙম্বা মুংশিবদা থম্লবা
মরাল কয়া পিদগিম্না খোঙ্গাওনগে হোৎনবোই।

ফৌওই—নত্তে, বাথল ওম্নবে খোইথা লিনথা থাগম্মু
নমু তাইবং পানসিদা মুংশি লৈনম য়েন্নুগে
অপাম খুত্থম চন্নুগে খোঙ্‌ম্রকপনি 'ওম্বা
অদুবুনে অঙম্বা অপাম কিরক্লখিদে—

অকোং—লোইমোম ফৌওই লাইরেম লৈচিন থংপা মঙালগুম
মশেম মরাং উবমা কওনবানি অশেংবা।

ফৌওই—লৈচিল মাগী মতিক্না মঙাল থংপা ওইথোক্তে।

ফৌওই—মতম মাগী নোংদম্না সুংশি খুরৌ থাংবনি।
লৈচিল পোমাই হাংলগা অপাম মুংশি রাইথুংন
শরি পন্দোল লোম্নসি লাংশুন অমা ঙাইরগা।
অকোং—তোব্বুং শাদানঙৈদবু
পামেল উরাই হক্কুনা শিঙেল লৈরাং লৈনম্না
তাইবং থুংন লৈরিঙৈ তুরেল লাইজ ঈচেলগী
ঈচেল মানা লেপত্রিঙৈ থমগোন মালং লিরিবা
তাইবং পান্দ শিংলিথৈ শরি রাশক কাওকদে।
ফৌওই—অপাম নঙস্থ লৈহৌবে, সুংশি খোঙদোয় হুল্লগে
অপাম্বনা তাঞবা, সুংশি ইনাক য়ৌনবা
নরাক নচু ওনবকান চেক্লা তুমা পাইগিন্ন
পোম্বী চিন্দম্নসিকো, চেক্লা চিল্লোক্লসিকো
সুংশি খোঙদোয় হুম্বদা অপাম্বনা পুল্লস্থ।
অকোং—করি ইতিক লৈহুনা ঙম্নি নঙবু পুঞবা—
মীফত্তনি ঐহাক্তী সুংশিববু মীবাইবা
শরি ঙাকপা ঙমদবা করি কান্ন হিংহুনা
লেপকং কংবা পামেলগুম অয়ম্বদি নিপানি।
য়েৎচর্নিংবা উরিগী মনিং থুংস্থ ঙমহন্দ
ফৌওই—কুমগী অনৌ নোংজ্দা য়েম্নিং হুম্নি পামেম্ন
য়েম্নিং থানা লাকপদা, উরি ওইবা মহৌশা
য়েৎনি সুংশি চান্নবা। ঙাইঙমদবা মপোক্কী
কায়ন তেংথা সুংশিখোল অমুক তাহনবিরম্নু।

অকোং—ইচেল মানা লেপ্তুনা পম্বুং তম্না চেল্লিবৈ
থম্মোই ঐগী লেপ্তুনা লোইমোম নঙবু থিখিনি
অপাম্বু থাদোক্লুব মুংশি নঙবু ফংনবা।

কৌওই - বাদফদে পাম্মুবা ঙম্মফদে ঐহাক্তী
থম্মোই পানবা অমদা মুংশি তাংথরুনবা।

[ কৌওইবী নোংখাংগী মশক মঙাল লৌদুনা মাংখিরম্মী, পুমঙান তাম্না মমিং থক্লুনা লৈহৌই। য়াম্না লাপ্না তাম্না খোজেল অমা খোম্থাংগা লোয়ননা লাওরকই, অকোংজাম্বনা মমিং থক্লুন লৈরিবৈদা— কৌওইবীগী খোজেন্দা লাওরকই-]

কৌওই—অপাম নঙনা থম্না
থম্না পাম্না লৈহৌঙাই
থম্ব মপোক শায়োল লৌ
মুংশি ঐনা খোওইদ
খোইন বাংন হমঙাই
খোইবী মপোক শায়োন লৌ
চেক্লা মতম চিন্দিনা
পোম্বী মতৌ চিল্লোক্লু
থম্মোই থম্মোই থানদ
থবাই থবাই থাগোম্ন
অপাম-মুংশি থুংনশি।
[অকোংজাম্বা নোংথক্তা য়েংখৎলি।]

লোইরবা

## – বইবী কোংথ্রুবা থর –

থম্মোই-তেংথা

কেতুকী

বাংমদা

কনানা হায়বিগনি

কনাদনো হুকদবা

চিত্রকার

দুরন্ত

শ্রীহু

খুত্তেকপাহুপী শৈরেং

কৈদোঙৈ